# মৈকংলাগী অচাকপা মৈরী !

“মৈথৌ নহা যাকাযবো
মৈগী মৈবম থাঁহৌবো
মৈগী খোঙ্গুল লীবকউ!

( ব্রজ-মাই )

খী: এম: মাহিম্মাম্বা



উমা পব্লিকেসন্স
লোকাউবু মখা, যুম্নাম লৈকায
ইম্ফাল

"লৈকলাগী অচাকপা মৈরী"

বাঃ এমঃ (ব্রজমনা) মাইস্নাম্বা, (ব্রজ-মাই)

* ইথিবা চহি : (মে ৭ ১৯৭৬ — ওক্টোবর ১৯৭৭ )

* অহানবা থুনম :— এপ্রিল ১ ৮১

* কোপী মশিং :- ১০০০

* ফোংজবা : অইবা মশানা উমা পাব্লিকেসনগী মথাদা।

* ফোংবগী শেংবাংবীবা :— মনিপুর ষ্টেট কলা একাদমী
১৯৮০-৮১ গী পব্লিকেসন গ্রান্ট।

* মখুম যেকপা :— এল: ইবোপীশক মীতৈ, উবিপোক

* ব্লক শাবা :— এন মঙ্গী সিং এন্দ সন্স, এলাংবম লৈকায়।

* মমল :— লুপা ৬, হোংদোকপা মখুম লুপা ৫

* ফংফম থোকপা পুমন্নক : উমা পাব্লিকেসন্স

* ফংফম :— ইম্ফালগী মরু ওইবা লইবাক ফোনফম

* নম্ফম : — দি 'গণেশ' প্রিন্টিং প্রেস, পাওনা কৈথেল ইম্ফাল

"কালীমাই ইমা ইবেন্মা !
নথুয়া থম্বালদা কচ্চরি :
লৈকংলাপী অচাকপা মৈরী !

# লেমহৌবা মৈথ্মগী তাঙ্গোয়



লৈহাউ চমলবা লৈমায় অসিদা মী মরোল মরোল থরো থরো ওন্থখি! লাপ্লা চংখিবা মীরোনগী শমথহৌবা মমৈনা অমম্বা কুহাদা লম্মুক্লহৌরী! হিংবগী মীথা থারবা পুনসিগী মীচেন ওইবা তারী! ইপা ইপুনা কারম্বা কৈরাক অতুদগী অম্মুম অম্মুম কুমথরকপগুম তৌরী। হেন্দোক্রা আশা তৌরম্মী—হেল্লা ফবা মীরোন অমা—মতুগী হেন্না নুংঙায়বা খুন্নায় অমা! অতুবু ঙৈকোক তংলবা মী খুজোক অমগী লৈমায়দা লাকলীবা অনৌবা মীরোন অসিনা কদায় য়োনা কৈরাক কারবখিগবা ...?

ইতিহাসকা শাগোন্নরকপা অতুদগী ইপাম খাম্বা—লেমহৌবা মৈথুমগী তাঙ্গোয় খোঙ্গুল—ঙসিগী খুন্নায়দা হকথেন্দুনা মৈশা ফাওরকলী! মৈহৌরে, মৈচাকলে মতুগী মৈচাক মৈশানা মীরোন মীথাঙ নায়তুনা মৈরায়রী! লৈকংলানি ঙসিগী লৈহাউ চমলবা লৈমায় অসি! ইতিহাস হৌরকপদগী ঙসি ফাওবা অসিদা ঐখোয়গী লৈবাক্লা করি ওইরকলীবগে?

"ইপাম খাম্বী মৈহৌরে"—নীংথৌ পাহুংচৈদগী চংহরকপা মৈখাক মৈথমগী ময়েক লারবা অকায় অতোয়গী মৈ পাউ অতু হান্নসু শৈদমখ্রে! হৌজিক্লা মৈখাক মৈথুমগী রামৈ মনুংগী পাখোংদা ওমশিন্দুনা লাকলবা মীরোন অসিগী খূন্নায়. য়ুমথোং, পুনসিদা মৈচাকলী, মৈরায়বসু হেনজিল্লকলা। মরম অতুনা শৈদমলী—"লৈকংলাগী অচাকপা মৈরী!"

পুনসি অমম্মং খুন্নায় লৈঙাক্কী হোংলকলীবা অকিলা ফংলবা মৈরক অসিদা মৈরানবী ওইরিবা মীরোন অসিনা মতম চানা পোমিং, থংনা, মৈ অসিবু কলহৌদবা তারবদি খোমদোন মৈরৌবীগী মীরোন অহনা তাঙ্গোয় তারোয়দবগী মরম করি লৈ...?

∴ নুপী অমা কপলী

---

∴ খুদম অসি "মরম অতুনা" নত্রগা "মরম অসিনা" হায়না পাবীয়ু মনুংদসু য়াম্না য়াওবা থেংনগনি।

# মৈনম কৈথেলগী ৱারী

# মৈ......!

মৈকংলাগী অচাকপা মৈরীনি !
মৈনম মৈঙাল য়েংলকউ
১ মৈখু কারবা নোংদোলনী
মৈয়াংবা ইপাম খাম্বী মৈরকনী
মৈগী খোঙ্গুল লাৱকউ !
∴ নুপী অমা কপলী ... !

মরম লৈ ঃ

পেন্দবগী ময়েক লারবা নোংলৈ নুংশিংকী ৱারীনি
মুংলমদায়গী মীনোকনী মায়কৈ শিন্না চাকলীবা মৈনিল

২ মৈহৌরী ......!
মৈহৌরী মৈচাকলে !
মৈৱায়রে ...... !

মৈ .......... !
মৈগী মৈচাক হেক্লকলী
৩ মৈতৈ চক্ফু অঙাংবনী
মৈরম মৈনম কৈথেলগী ৱারীনি
মৈতৈ কুমগী মৈরানবী !
∴ নুপা অমা কপলী

মরম লৈ ঃ

মৈথৌ নহা য়াকায়রো
মৈথৌ শংবা মীরোননা
মৈঙাল মশেক উংলরো
শকক্ষম শোকলবা মায়থোংনী
মূন্না য়োৌনা য়েংলকউ।
∴ নুপা অমা ছৈরেং ইথরী ঃ

মৈনম কৈথেলগী ৱারীনি, হিংবগী ছৈরেং পরেংনি
হামচংনরবা কৈরাকতগী থরো থরো ওন্থরবা মীরোন
হিংবগী শেম শাবদা শিবা ঢায়রিবা পুন্সি
মরক অসিগী মপেল হিংবা হৈবগী মকোন্দা
মুংলমদায়গী মীনোকনী মৈতৈ কুমগী মৈরানবী!

মৈবা হৌরবা খুন্নায়নী
মৈখাক মৈচম মৈচুরে
মৈনাক মৈরুং মৈরানবী
ইয়ুম মোংবা মৈৱায়রে
কয়া কুইনা হিংখিগনি …?
মৈনম কৈথেলগী ৱারীনি।

৪
মকুগী অহিং

মকু খোংবা অহিংনি
নোংসু চুরি জম জম
পোদোন মৈনম মুংলকলে
কৈথেল মমৈ ওইরকলে!
নুপী অমা কপলী
কপ্পগী মরম লৈ ঃ

## লৈকংলাগী অচাকপা মৈরী—৩

কৈথেল অসিদা হিংলীবা পুনসি মথেল কয়ানি
অয়ুক নুংথিল নুমিদাং কংলৈ নিংঙোল কয়ানী
মৈনম পোদোন লুকমায়নী লাম্হেংহৈবী চনুরা
মৈনম খাণ্ডপোক যুমথোংনী কৈথেলসিনা শী লিবা
মুন্নাল হৈবী ইমানি কৈথেলসিগী পাম্বনি
মচা মশু কয়ানী মীথোয় মীহেন শেমলীবা!

.·. নুপী অমা কপলী
নোংমু চুরি জম জম
মকু খোংবা অহিংনী
কৈথেল মনীং খোম্বীনি
পেরুক য়োনবী পীদোনবী
পেরুক য়োনবী — পোংশিৎ ব্রাংপা নোংজুনী
চরা নোংখন হিংজবী
ইচং থৌবী লুখ্রাবী
শামু নম্বদা মচানী
ময়ুম খরাই থোংগালদা
পীকলিবা মচা কয়ানা
কৈথেল মমাবু ঙাইহৌরি
মীংলু পীরাং চেলহৌরী
মৈনম মৈঙাল য়েংহৌরি!

থাউমৈ পোদোনগী তামনা চৎখিবা মৈনম মৈঙাল
কৈথেল ইমাগী খোঙ্গুলবু য়েংহৌবা মৈরৌবী
মীথোয় মীহেনবা ওইরকপা য়াওই মী কয়া

নাউশোন্নখিবা থব্রায়গী মীপায়রবা পুনসিনা
হমথোন কাখিবা মোন্দুমগী, নুপী মতুং ইনখিবা পুনসি
কাউহনখি অহুঙৈগী মৈঙালগী খোঙ্গুল !
অপোকপীনা কপহৌরী মৈনম কৈথেল চিদায়দা
মৈঙাল খোঙ্গুলদি ঙসিসু হিংবগী লাম্মেং ওইহৌরী !
∴ নুপা অমা ছৈরেং ইথরা

৬

মৈঙাল মৈনম

পুনসি মথেল পরেংনী
ফাগী হৈবা শৈশক্লা
ইমা ইন্দোলগী ৱারীনি
লকুজবা নংচদে নচানা
ফাগী হৈবা কলম্না
লোন্না পীরাং শিনথরী
মৈনাক মৈরুং মৈরানবী
মৈমুং মৈশা মৈরকনী
মৈরানবী অমা হিংজরী
লোন্না কুম্মে য়েংজরি

৭

অরোনবা পী

মায়খুম উপ্লা মায়থোংনী
ফাগী হৈবা মপোকনী
লোন্না পীরাং শিনথরী
থম্মোয় শোক্লা কপচরী
পাম্বৈ লৈতে নচাগী
কপ্পু ইমা অপাকপী
কয়া কুইনা হিংখিনী .. . ?

## লৈকংলাগী অচাঞ্জবা মৈরী—৫

হিংবগী হাম্চংনরবা মৈনম কৈথেলনী
শিবগী হিংবা ওয়রিবা চাকখাউ কয়াগী রাকংনী
মীংলুগী পীতাফম লাইবক কয়াগী রারীনি
কৈথেলগী মথেলনী মৈত্রবাক্কী য়ুমথোংনী
কৈথেলগী পরেংনী গম্মোয় শোকপা ছৈরেংনী
রাজরবা নচানা লাক্কজবা নংচদে !
∴ য়ুপী অমা কপলী
কপ্পগী মরম লৈ :
৮ পুকচাক থীবগী রারীনি
চফুয়োনবী পুনসি মথেলগী কৈথেলনী
ঐগী ছৈরেং পীরাংনী—
থৌবানদোংগী থারিকথা
চফু য়োনবী ইনেত্তোন
মীংলু পীরাং চেংবলে
চৈরাউবা ডায়রা রারকলে !

চফুগী য়ুগ হৌগ্রবা মপু সনা কৈথেল
কোরফু কোরকাললনা মক্কং শিনথ্রবা য়ুমথোং
চাউখৎপগী রাংখংলকলীবা কৈরাক্কী মৈশা
চফু য়োনবী ইনেসি করম্বু হীংলিবা…?
চৈরাউবক্তগী পোংশিংনা কয়া কুইনা হিংলীবা ?
কপ্প ইমা কপ্প, কপ্পু ইনে কপ্পু !
লৈহাউ মীগী ওইরকলে, লৈখোম ফংবা রারকলে !
হিংবা রারে পাম্বে লোয়রে

কৈথেলসিগী কাচিনদা
নচা অমা ফিংজরি
৯ কোয়না কুম্মৈ য়েংজরী
কোক চাউবা ঙাওচংনবা কুইরবা
শগলাং ফাবা অঙাওবা
ফিমন শেংপা লাইরবা
অশা চাউবা কোকচাউবা
অংক নুংথিল নুমিদাং
ফাগী হৈবা কলমনী
থম্মোয় শোকনদি শৈথারী

য়েলাং য়োনবী ইচেমহল, এঙাং মথেল লুকমায়নী
নোংজু নুংশা মরকনী হিংবতগী লানফমনী
নহু নিংথৌ লাকলরোয়, মমীং নৌনা পাংলরোয়

১০ নপাম খাগী কল্লরোয়
য়েলাং য়োনবী লৱায় কোয়রেল তাংলবী
মীংলু পীরাং কংলরোয়
মহিক পকলবা য়েরুমনী
মরীংগী য়েনবা ওইররোয়
কুম্মৈ পামবা নহুশিং
১১ ইরাং পামবী নংলশিং
য়েরুম মহিক খেনম নমবা কুইররোয়
কপ্লু ইমা কপ্লু লাইরবী
কপ্লু ইচে পীদোনবী

## লৈকংলাগী অচাকপা মৈরী—৭

নহু ঐস্থু কপচরী
মাইথীরবা খুন্নায়গী সেবিকা
নায়তোম তারবা নহুনা
করি পামবে দ লৈরিবা ?
∴ নুপা অমা হৈরেং ইথরী—

কোরৌ মৈশা মরকনা, হুমাং লুপ্পা হকচাংনী
কাংজৌ বোরা কৈথেলনী সরকারগী তায়নফম
লম মচেং মীহৈবা হিংবগীদি খনত্রবা
ইমা ইন্দোল কয়ানী, থৌচোম নীংগোল থৌরানী।

হিংবগী রারীনা বামোন শাবী কয়ানী
চেংলৈ চনু চংখোংবী
১২ খুমন নীংঙোল অখুইবী
কাংজৌ কৈথেল অয়ুক নুংথিল নুমিদাং
লাম্লেং হৈবী থৌরানি
মচা গুন্দা কয়াগী
য়ুথক শেনবু হুল্লীবা
মচা নীংগোল মেম শাবী
ফেসন লৈত্তেং থোল্লীবা
মচা পীবা নীংগোলনা
ইরাং সহর ময়োলদা
করিবু খন্দুনা নোকলীবা ?
কর, ইমা থৌরানী
খাঙু কেম্মু নপুনসি

পাম্বে লৈঙবা নচাদি
১৩ য়েংজনীংদে পোবৌ মৈশা
ইরাং সহর থাকউ য়োকউ নচাশিং
নৈথংপগী কেমলবা হকচাং
নোংমা লোইখিবা নুমিংতা
নচা পীবা নীংঙোলশিং
কযা কুইনবু হিংগবা ...?
মমীং পাংবস্থু ময়ারী
নুপী অমা কপলী
কপ্পগী মরম লৈ :

মৈনাক মৈরুং মৈবানবী কযাগী মীরোন
কৈথেলদা থৌনা ফবা রাজনিতিগী জুরানী
নাশিখোং তায়নবগী ফল তাদ্রবা হবতাল
কৈথেলসিদা লানদাবা থৌনা ফবা শকেরা ....?
রারিবত্থু কনানো নমা নন্দোল নখোযগী
নুমিদাংদি ঈশিংনি চবা নোংখন হিংজরি!
শেনজাও পায়বা মহাজন মযে তাবদি হাযকনু
ইরাং থোকপা কাবশিযুগী ইম্ফাল সহর
থা অমতং থোং থিংখিবা অচৌবা দুকান
অহুডৈগী থৌদোকনা সাখিনি কৈথেলগী রারী
মৈথেং ফংদ্রবা মৈত্রবাক্কী য়ুমথোং
অনদ্রোগী মৈ মুংলবা মৈহৌরোনগী রারী

## লৈকংলাগী অচাকপা মৈরী—৯

থীবা ফংলরোয় অহৃঙৈগী মৈহৌ নুং!
অহিংবা পোং চাবগী তোম্বরবা তাংককনী
মীপাল তাংবতগী হৈনরবা লমদমনী
কৈথেল অমত্তং লৈরিবা লূকমায়র্গা ৱারীনি।

ইপাম খাঙ্গী মৈরকনী,
লৈচাকপগী মীত্রং লীলা

১৪

কৈথেলগী হিরো

ভূংগী হিংবগী থন্দ্রবা ৱাখল
মৈথেং শাবস্থ ভমদ্রবা লম
কয়া কুইনবু হিংখিনী ...?
দিমাপুর লম্বানা বেরা তৌবা
অচৌবা মহাজনগী মতোলনী
কৈথেল অসিনা কপলীবা
মৈতৌবদি কুইরবনী চহি কয়া
করি পাম্বদি মখরবী ..?
∴ নুপা অমা হৈরেং ইথরী:
ফাগী মানবা পরেংনা
থম্মোয় শে কুদি কং চরি

মোইরাং চনু লময়ৌবী থাঙ্গা নীংঙোল ঙায়োনবী
লোইবী চনু ছময়ানবী, উয়েন য়োনবী পামহৈবী
মচা নীংঙোল কয়ানা ইম্ফাল কেলোয় মঙইরী
মেম শাবী শকহেনবী কাউরে মমা অংপোকপী
মরাং চনু পয়া য়োনবী, অনদ্রো পাখং নৈতান য়োনবা
হিংবা ৱাবা হেংক্কলী চাউখৎপগী মঙালনী

বীগ্যানগী লমজেল্লনী হিটর অমস্থং য়োংপীনি
য়াথীন পায়া কাউনরে হিংবা তারী পাম্বে অমা !
অহুঙৈগী হৈকক চাহুনা হিংলমবা কংলৈরোনগী ৱারী
লোক্তাকী পোংথোক লোয়রকল্লবা মোইরাং চন্
থীবা তারী পাম্বে অমা ঙাস্থ চেদা য়েকখরে
পেৎবা থারাক ঙাত্তোননী, মমীং মুংপা কুইখরে
মকু হুরে অহুঙৈগী হিয়াই পোকপা চাঁ লৈবাক !
মীপাল তাংবা হৈরুবা খাশা মৈনা ৱায়খিবা
ঙসি করি লৈহৌরা ?
লৈশাউ চমবা হেল্লকলী
ইপোৎ মাংবা হেল্লকলী
অতৈ মথেল কয়ানী :—
নুপা কৈথেল লীফক দুকান
১৫ নুপা কৈথেল মোরা য়োনবা মৈনম তাচৌ
সোক্ষা যূগকী চৈথেংনা
হিংবা থীবগী পাম্বেনা
য়ু য়োনবা হৌরকলে
নহারোনবু মাংহল্লীবা
চাকখাউ অহুনী অরানবা !
হিংবা থীবগী অমোংপা কয়া
করমনবু চৈরুনী ....?
অশা লোয়রবা লমদমনী
কৈথেলতনী লৈরিবা পাম্বে !

∴ নুপী অমা কপলী

১৭ কপ্পগী মরম লৈ ঃ—

ক্না য়োনবী কৈথেল চিদায় খুতি মখোং
মায়নৌবী মৌনহা কয়াগী রারী
তিংবগী চৈরোংনা য়ৈথংলবী চনুরা
পাউথোংলবী ক্না য়োনবা ইচে ইতৈমা কয়াগী তেথা
থম্মোয় শোকপা হেল্লকলী, মরক অহুগী মথেল ইনোং
খুংথাও লল্লোনবা কোঙ্গাইনী, মচে মচল মতৈমাগী ইজ্জৎ
ভাকপীদ্রবা মতমগী নহা মীতোপ অতৈ কয়ানদি
মৈতৈ চনুরাগী ইজ্জৎপু করিগী শারক তমদনী ?

১৮ নহু ঐনা থম্মোয় শোকলী

অহিংগী হেলোয় ঐগী হৈরেং পীরানী
করেমনবা নংচদে লৌপরানা
ফাগী হৈবদি কলমনী
নুপীগী পুনসিনা লৈখাতারবা ভসিগী খুন্নায়
মুংথরকপগী খুদমনী মী ফুরুপ অহুগী রারী
মাংথরকপগী পন্দুপনী মীরোন অহুগী ইতিহাস
তিংবগী হিসাবনী হাংলবা চাকখাউ কয়াগী রারী
খোংথাং শোয়রবা লমচংকী মাংলবা পুনসি কয়া
অহিংগী নীংখিবী, অরোনবা মায়থুম, গলীগী অম্পরা
অহিংগী অমমবা ক চিন্দা লেকথরবী হেলোয় কয়া
হিংবগী মরেক মহাউ য়াওদ্রবা মতমগী চৈনা

পুনসি কয়াগী অনুতাপ

১৯ ঐগী ছৈরেং পরেংনী

অহিংগী হেলোয় থম্মোয় শোক্রুদি শৈথারী
ওইনীংদনা ওইরবা মপোক্কি
লাইবক কয়াগী য়াকংনী !
মীংলু কয়াগী পীরাফম
সমাজগী মীনোক মীয়েং মরকনী !

মৈঙাল অহুগী শকফম, হিকথরবা হকচাংগী মমল
মোংলবা লূপাগী করবার, থম্মোয় কয়াগী তেংথানী
কৈথেল অসিগী য়ারীনি, মীংলু পীরাগী মরম লৈ
চাকখাউ কয়াগী য়ারীনি !
শিনফম অহুগী পাপ নত্তে
পাপ অহুনা চাকখাউ কয়া !

২০ পাপ লৈতে
পাপ পুন্য পুন্য লৈতে
স্বর্গ লৈতে
নোরোক লৈতে
হিংবগী য়ারীনি !

পাপ পুন্যগী থীওরি ঐ খংদে
শিরবা মীগী চৈরাপকী অরোয়বা য়ায়েল
জুরিগী রাই, উকিলগী মরৈ, যমগী য়ায়েল
লৈথক লৈখাদা পাপ পুন্যগী সোরফিং
খঙলুদে উরুদে পাপ পুন্যগী ফাইল নম্বর

পলেম মানবী কবোকলৈ করবার হৈবী চনুরা
শঙ্গোম য়োনবী ইমাবোক ককচিংদগী কারকপী
চেংহি ঈশিং সনাপুল
১১ শঙ্গোম মখোন লঙ্গোবী
শঙ্গোম য়োনবী কৈখেল ইমাগী শরী রাশক
চাকখাউ অহুনি মীনমবা!
থঙ্গোয় শেংবী পলেমনী
হিংবগী পুন্যনী তৌরিবসি
পাপনী পুনাসিগী রারী!
২২ স্বর্গনী হিংলীবা লৈমায়
চাংদম লৈই নোরোকনী হিংলীবা লৈমায়!
∴ নুপী অমা কপলী
কপ্পগী মরম লৈ:

খনা লৈরবা পুনসি মরেলগী সহর ময়োলনী
থাক মান্নবা নুপী খুনায়গী ইজৎ কৈরাকনী
নোয় পেংবী মায়খুম নীংভোল লাইনিংবী
ক্রুরা দলানগী মালকিন, মহাজনগী তালোয়নী
নীংজোল ফবী সিংধী ষনবী রাবা মশক খদবী
নীপা ডমবী দেবী দাসিনী, নাপল রাংবী হিসাব হৈবী
নাখাং য়ানবী কুহ্ মুবী, হিংবা হৈবা চাকনীবী
কোম্থাং য়ানবী ভুত্তান নীংভোল, ছায়দাং হৈবী নুপীনি
চাংদম লৈই মরক্তা মৈতৈ চনু লময়োবী

ভবা নোমবা কনবীনি, ইচং থৌবী পলেমনী
অথাং কনবী চন্থরা লোইবী চীংমায়না সাখিনী
লানথেং হৈবী কংলৈ নীংভোল কৈথেলসিনা সাখিনা
চীংয়া তময়া শিংজনবী লোক্তাক ইয়াই লোংথোনবী
লৌবুক লমহাং লৌতাবা নচা ঐনা কাউজদে

২৩
তময়াগী মীংয়েং

কৈথেল অসিগী ময়োলদা
ফাদোকখিবা মীয়েংনী
হকংথ ননা উথিবা কয়া
নীশিং মৈনম মরুমদা
থম্মোয় শোগা কপচরা
ফাগী লৈথেং ইনোংনী
ঐগী কলম পীরাংনী !
অরাং অনেমগী কাংথকনি
হিংবগী শিংচেপ মরক্তা

২৪
বাকসি অচৌবা

উদে লোয়রে মৈতোনগী মঙ !
খাম্বী মৈশাদি হেক্লকলী !
∴ নুপী অমা কপলী
কল্লগী করম লৈ :

সহরগী দলান মতোনদা থাউমৈ মৈঙাল মরকনী
মীনম সোরিবা শেন্দোংনী নোংমগা পোংশিংনী
নোং চবুল চবুলনা হিসাব শুরিবা মহাজন
মৈনম কৈথেলদা হিংজবী ইমাগী পোংশিং
মীরম অমম্বং ইরমগী অচৌবা মহাজনগী হিসাব

## লৈকংলাগী অচাকপা মৈরী—১৫

লোয়না ঙমনা লৈহৌই চেং চাক্কা শিন্নখি
মযুম য়ৌবদা জিরোনী নোংঙানবগী শেল্লেপস্থু
বাকসি অচৌবা কয়ানা মোমোন নোক্না য়েংকৌই
তামনা কুমখিবা মৈনমনী নোংঙানবদা লাকখিনী
শেন্দোয় চাউবা শেনথংনা তরামনবু ওকপীনি
লৈত্তৌ লৈথোংগী কৈথেলনী
২৫ চাকথাউ কয়াগী পুনসি রারী
শত্রুম ফংপা কৈথেল অসিনা মুংখিবা
কয়া কুইনা হিংখিনী ...... ?
"পোংথোক রাংলবা লৈহাউদগী লৈত্তোখিবা শত্রুম
কালাবাজারগী মকোল শারবা চিনজাকী কৈথেল
মমলনা লাইমত্তোন চৌংদোন য়ৌরবা মতম
ইনকম অমস্থুং শেম্হোক লৈত্রবা শুফমগী লৈমায়
নংথবগী অমস্থুং চরা হেনবগী হাংদে কলীবা থোঙজাও
মুংথরকপগী মমী শামলবা পন্দুপনি খুনায় অত্থ
লমসিগী বজেংকী ইনকম মীচমগী য়াওদে
সরকার লোয়শংগী তলবস্থু কোন্নবা ঙমদে
দিল্লীগী থোংজিন্দা চেংনী তেংগোংনা নীবতনী
কুমসিদি হন্থরে, ওজাগী পেনসন বন্দ !
শেনথোকনবা অমস্থুং শেন তানফম লৈতে
শেন চংখিনবা মনীং থোংদি লাউনা হাংলী য়ুমথোং কয়া
ওহ ! উংসোয় "পোকপীগী কোমবু" কনানা ফুল্লুগবা ?
হিংবগী চৈথেং মরকনি মীনম সোরিবা কয়ানি

শিনমীগী ছুমাং মরীক তুংহৌদ লৈমায় অসিদা
চাদিংগী হিংচাবনা ময়া লাউনা কাথোকলী
কুম্মৈ য়ামবা লমদমনী ফিজেং লৈজেং লৈতৌবা

২৬ লাইনা য়াংপা উরৌগী খয়াং

অশা উদে

অতিয়া পকলে চাদিনা
মালেম পকলে আইনা
হিংবগী আশা থাদোকপা কৈ
আশা লোইরবা কৈলেচা
মৈবা হৌবা হেল্লকলী
মরু কোকপা হেল্লকলী
কয়া কুইনা হিংখিনি.... ?

## মৈতৈ য়ুমথোং য়ারৌনি !

২৭ ∴ মুপা অমা চৈরেং ইথরী

পেসনগী চৈনা

নোংস্থু চুরি জম জম
অহিং কোয়না শৈথারী
থম্মোয় শোক্লা পাউদমলী :

নোং য়ুরবা খাঙপোকনা পোদোন মৈঙাল য়ুমথোংনী
হিংলিবা পুনসিগী য়ারবা মথেল লুকোয় পরেংনী
অহল ওইরবা স্কুল ওজাগী ফংলীবা দশাগী ইমুং
কেরানী, চৌকিদার, মালীগী য়ক লাউরবা চৈথেং
চহিনা পোথাহল্লবা অহল কয়াগী পেং চোয়রবা পুনসি
পেনদিং থমবীহৌরে পেসনগী ফংগদবা তলব

## লৈকংলাগী অচাকপা মৈরী—১৭

চুরুট মশাং থকচরমবা বেরি মত্তেক খুল্লগলে
মীনা তরাম তৌরমবা শেন পুবা ৱারকলে
চাকঙন চাহনা নোক্লমবা চরা মঙুং ৱারকলে
কৈংজাম খোংদায় ফীমননী, অঙাওবনী হায়বারে
নোংমা ওজা ওইরমবা ছাত্র কয়াবু শেমলমবা
লৈচ্লাক কৈরবা ছাত্রনা ওজা কয়াবু কাউনরে!
তুলব মচা চাজবা, ৱারে নংলে অহল কয়া
সেংসন ঙায়বা পেনসন ওদরগী শেনবুল :—

নুংশিং চারী ঈশিং থকলী
লৈবাক চারী শিবা ঙায়রি
গোবীন্দা কৌরী মোংক্ষম য়েংলী
তারিক ঙায়রী, মঙ মংলী
আশা ঙায়রী মচা মশু
লাইরিক হৈবা মচা মশু
থৌরেম ঙাক্তা মওইরে
জরানবসু তমহৌদে
সাইকল শেন্না হৈহৌদে
করম্নবু হিংখিনী .... ?

অরি অনৌগী য়েন্নাং হুন্দ্রবা ইমুংগী ৱারী
মহুৎ মরেং শিনবা ঙম্ববু থৌপান্দ্রবা পাথাব
কাচিন কোয়াগী মথেলবু উদ্রবা তাংবলগী সরকার
মওং মরিল তাক্লবা খুনায়গী মহিক মকোন

ইপাম খাম্বী চাকথরা
পাম্নে অমদি থীবা কৈ
হিংগংলো হোৌগংলো মৈরোবী
মৈগী খোঙ্গুল লীরকউ !
তায়োন্নবা মায়কৈদা শেরানবু চংখিন্নু
তোখায় তাবা পান্দম্না হান্না থৌনা ফাখন্নু
হিংবা মকম্বু ঙমখিরোয়
হিংবা হান্না তমখিসি
মোংবা ইয়ুম চাকথেকপনী
ইপাম খাম্বী মৈকনখো
২৮ মৈগী মৈরম থীরকখো
লনশোংপী মুন্না য়োনা য়েংলকউ
মৈতৈ য়ুমংথাং রারীনি।"
∴ নুপী অমা কপ্লী
কপ্লগী মরম লৈঃ

চায়াম পোকপী মমানী সেংসন ওদরগী লৌনম্বী
লৈকায় কয়াগী সাইলোক ঢুকান থোংজিন্দা
পাউখুম হৈবী লনশোংপী হয়েং কয়াগী পাউখুমনি
হান্না পুকচেল শেংলম্বী পলেম ইমা লাইরবী
তুম্বক ফমলীবা মচাগীতা রাজরবী য়ুমলৈমা
লৈকায় হারোয় চেনজবী মীনোক মীচৈ মরকনী
চৈর নমথাং বন্ধানা চরা নোংখন হিংজবী
থম্মোয় শোকপা রারীনী পলেমশিংগী পীরাংনি
পাম্নে লৈতবা মচানা থম্মোয় খুতুম শুজরী

৩০ কপ্পু ইয়া লায়রবী

সনাগী নুংহুম নচা ঐস্থু কপচরী
নংগী মীংলুগী পী মরিক
ঐগী হকচাংগী ঈরিকপী
নচা শরেপ ফারবা
সনাগী নুংহুম কয়ানী !
নংগী মীংলু পীতাকম

৩১ কাউজদেনে নচা ঐদি পীদোনবা

হুগী ব্রারেপ চাকখাউ কয়াগী ব্রারীনী
নাউয়োকইহে মৈতৈ চনুরা
য়ুমথোং কয়াগা মথেলনী—

"সেংসন ওদরদি তামখরে
কেরানীগী চীংলোনন্দি খনখরে
ওফিসারগী চেকপলন্দি থাপখরে
দিল্লীগী থোংজিলস্থু থীংখরে
বজেট পীফমস্থু নংহৌদে
মন্ত্রি মন্দলগী ফকনৌদি শিনখরে
লৌরি য়োন্দুনা রানোমখিবা নচাগী থবক
চফু কায়বদা য়াওখরে, আশা তোকউ লাইরবী
হু চাবা, পুন্না শিবা ব্রারেপনৈ ইমুং কয়া !"

৩২ ∴ নুপা অমা হৈরেং ইথরী

শঙলেনগী পাউ খানা লৈরবা খুনায়গী জরকিং
ত্তেমথনীংবা ব্রাখলগী মান্নবা থাক
য়েংথীরুবা নংথোং ... নগী ... ...

মৈতৈ ইমুং কয়ানী ফুরা দলান মোন্দূম মোস্তেক
মখি ময়ুম, সন্ত্রি ময়ুম, মনায় মশল থোংশংবা
ফমনায় ভুনায়বা কয়ানী, লোয়শং মচাগী ইমুংনী
ফনবু ঙকই মী মীগী লাইবকনী পুর্নসি মথেল ৱারীনি
লৌয়াম চাবা কুবেরনী শেংজাও পায়বা সাইলোকনা
দাক্তরগী ইমুংনী হরাউ মথোয় মীনোকনী
মথোল ৱাংবা শঙ্গায়না ইনজিন্নীয়ারগী য়াইফবা
শেনতান হৈবা শঙলেননী উকিল সাহেপ কয়ানী
ৱায়েল হৈবা বীচারপতি করেন্নরী ধর্ম্মরাজ
ওফিসারগী বঙ্গলা প্রোফেসারগী খুংবোন
মৈতৈ য়ুমথোং মথেলনী ঙানাবোনগী কেরানী
এফো-নুংফো পৌদারোয চোঙাবোনগী য়ুমথোংনী
"অকাসবানী ইম্ফালনা সাখিনী
ঈশৈ তারি পাউ তারী ইমুং কয়া
হয়েংগী মথেল খন্নরী

৩৩
পাউ চজিক

হয়েংগী কুম্মেনা করিনো ?
থাক মান্নবা পুর্নসিগী মঙ
মী মীগী লাইবকী চাকথুং
তাইব, মপুগী ৱায়েল চৈ
হিংলীবা খুন্নায়গী ৱারীনি।
∴ নুপা অমা হৈরেং ইথরী
ফাগীগী পরেংনা কপলী—
মৈতৈ য়ুমথোংগী লামায়নী থম্মোয় খুংগী শৈদমনী

পাউথাং লৌবা চক্তিকনী. কৈনা নৌনা পাউদমনী
পোংকী মমল হস্থরে, অবাসবানী নিতাইপা চুংেক

লৈদা তিল তাবা আলু থাবা
৩৪ লোংথক প্লেননা হার চায়বগী থোরাংনী
অকাস বীল লৌফমদদি চায়রমদে
সংর মযোংদা পায়রমবা বেলুন
অকাস বীলনা সংখিরা ?

মায়রেল থাবা, খোংনাং থাবা, অইত মখেল পাউদমনী
অহাং য়ামবা, হিকু খুবা, মকোক পাংপা, খামলাই চুবা
অঙাং হাংপা, হমমবা কাচিন, খাইননা য়ারে —

য়াইফ য়ুমবালগী থোরাংনী
৩৫ মর সুবা অঙাংগী বজেট
মৈনাং ককপা রাজ্যগী কোটা লৈতে !
পন্থৌ পলেমগী নাউফম ককউ !
∴ নুপী অমা কপলী
কপ্পগী মরম লৈ ঃ

মহাজননা ঈ চুপথোকপীরবা শিনমীগী ইমুং
ঈশিংনা মহুং শিংথৌবা অহিং কয়াগী চরা
ছাবায় অমুক চাউরবা কোক্কী বীভুলা রাহং

খংনরী চৈনরী মইত মনাও
মচাস্থু পীশক ফরেংনী
৩৬ অমস্থু থাবু শুরকাল
হুমাংগী পুকৈ রেকোর্দ কায়রবা রাজ্যগী বজেট
অঙাং মঙাদি হাংসিরা .... ?

ছুমা, মমল হন্থরবা খু'মুমল, মহাজনগী পুকদি চাউহৌই
শিনমীগী চাকখাউ ৱাহ নী, ৈৈগ যুমথোং ৱাবীনি!
নোংমু চুৱা জম জম, পাম্প লোযবগী থোচংবী
নহা অমা বা : এ নী, হিবা গীবগী পাম্পন।
নোং চুবা অহিংনা ছবান থোংয় পানবা
শুকম লৈতবা লমহাদা চাওচ লবা নুংইববা
খুৎমারুবা সগুন হোং, খু াংশাদা যংবীবে
মীয়াম চংনা ফদংলে, মবম ওদে ছলাংবা
ভারা তিংদবা গাডীনা চাকলেম শংবু পোইজাগি
হিংবগী পাম্পদি ফ খিবা, চাকখাড অহনী লবানবা।

মযুম খবাই যোঙ্গানদা
মীপাযজনা চানহৌবা আশা।

৩৭ হালবা চাকখাউ অনিনা
দশাগী খুলাংখাং হন্নুববা মপানী
শোলবী মমানী
মৈত্রবাক্কী অহিংনী ....!
∴ নুপা অমা ছৈবেং হথরী :
লোন্না কুম্মে যেংহৌই ঐগী কলম পীবা নী
হন্নুবা হন্নুবী ভিখা নীহনা হিংহৌরা
ৈৈগ যুমথোং ৱাবিনী .—
মরম থীবায়ু ছৱানবগী পুনসিবু
ওইনা দনা ওইবনী হিংবগী চৈথেংনী
পাম্প ৱাৎপা লৈমাযগী লৈঙাক্লা ?
সাইকল লাকপা কয়ানী অতনবন্থু কেঙ্গাইনী

ফুরিংখাউ লুমবা লানজাবা মোম্না শেঙ্গাও লাকপনী
হুরানবগা তারানী মপুগী নোংমা পাউরৌনি
মাপল্লক শুবদা তোকডবা চাকখাউ অহুনী তরানী
লৈঙাকপনা ওজানী শেন চাগে মহায়বী
গতি লৈতবা হুরানবা ফাদোক ওইবদি মশোয়দে
কনানবু ফারুনী তাংবল থক্কী মহাদাকু
ফাদোক তাবদি হায়রুন্নু চুরাম্বা লঙ্খোনবা
রায়েল মওং চাদবা লৈমায় অসিগী লৈঙাক্লা ?
ফাদোক তাবগী তোঙানবা রারী কয়া মরৈরী :

৩৮
চেংগী চৈরাক

কৈশুমশংগী অমমবা কাচিন
ফাদোক অমগী মপোক
ওইনীংদনা ওইখিবা লাইবক
চেং মরু অমগী চৈরাক
চাকখাউ অহুনী ফাদোক !
গুন্দা অমগী অচৌবা বন্দি
পাখং অমগী য়ুগী চৈরাক
চাকখাউ অহুনা লমহেনবা !
শুগনবা লাইরবা, চাগনবা য়াংগবগী পাউরো
থক্কনবা ওগনবা, ঙাউগনবা তুগনবা কয়ানী
খোজেং য়োরবা চাকখাউনা লম্বীগী চিদায়দা হৈথরী

৩৯
চেংফুনা কপলী

লুপা লুপা চবুল চবুল
হৌখিবা থাগী তলবনী
চাদিং হৈবা মৈতৈ মচা
অহিং অহুগী বাবুনী।

য়ুগী থরু না নোকচৌই ময়ুমগী চেংফুনা কপলীবা
কানী চাবা কয়াগী য়ুমথোং, গঙ্গা থকপা মহাদেবা
নীশা মকোনগী কংলৈপুং, মৈত্রবাক্নী অংম্বা অত্তিংনি
শানৈ য়ুনৈ শরেন চল্লী, মীনোক মৈখু লগাউ থারী
ব্রাচোপ ব্রারেম মরৈ পরেং, মকোক মরু থুগায়নৈ
মুংথিল মরূপ ওইরম্মী, অহিংদা হেক্তা হাংতোকনৈ !
শানৌ নহা কয়ানী, য়ুগী থরু দা লুপলীবা !

৪০ ∴ মুপী অমা কপলী

কালৈ চনু কপ্পগী মরম লৈ :

শুংখো থকখো কালৈ
মাংমিম্নসি চীংমী তম্মী !

মুপীদা নৈবা নুপাগী লৈমায়, হাউবা চনুগী কালৈ দলান
য়েংথীবা মীৎয়েংগী পরেং নক্তে, হিংবগী তোডানবা পাম্বৈনী
হাউবী ইচে কয়াগী কালৈনা কৌরকপা ইঙ্গৎ
মৈতৈ মুমথোং চীং তমপাক, কোয়না য়েংনা পাউদমনী
মৈতৈ মচা কয়ানী কালৈকোন্দা ব্রাম্বুরী !
ওরাং অহিংগী বাবুনি, তলব হাজম তাং অমা
মুপীগী সনা লুপানী, মহাভারতকী চোবোর পোম্বা
জুরারগী নায়ুমনী ইচেশিংগী সনা ফিগে !
উকু শেংপী সীতারা, পনচালীগী দশারা, খোংদায় শেংপী চনুরা
হিংবগী মপাউদি ওসিমু মতারী য়ুমথোং কয়া !

৪১ ∴ মুপী অমা কপলী

চরাহেনবী সতী কপ্পগী মরম লৈ :

ৱারে নংলে মৈতৈ চনু
মীৎলু পীরাংগী য়ুমখোংনী
নুংশিবগী থম্মোয় লময়ৌরম্বা ৱারী কয়ানি
য়ুম পাঞ্জবা পুনসিগী চিংখায়রকপা মমী
মৈত্রবাক্কী লৈহাউ চমলবা লৈমায়গী য়ুমথোং
চন্নাহেনবা ৱারবী মহাসতী অনুসয়া কয়া
হিংবগী ফিভম শোক্লবসু হিংবগী পাউদি মতারী
∴ নুপা অমা ছৈরেং ইথৱী
কোয়না য়েংনা পাউদমনী
চরী হাপলবা নুমিৎ কয়ানীগী য়ুমথোং
৪২ হাঙবা কোনুগী হৌশ্রবা য়ুগনী
নুংশি ৱারী হিংবা ৱাদবা খম্বা থোইবীগী খুনুং
হৈকক্লা হিংলমবা নুংশিবগী ৱারী
তায়োম্নরবা মতমগী ৱাহংনা করেমনরী
লময়ৌরবা থম্মোয়গী তেকখিবা শম্বল
য়ুমনাক হোংলবী মৈতৈ চনু পীদোনবী
চাকখাউ অতুৱা নুংশিবগী পাউখুম ?
অরেমবা ৱানী অশেংবা নুংশিবা
সাবীত্রি সত্যবানগী য়ুগ অতু নত্রে
৪৩ শিংচনবা লাঙ্গোলগী সত্যবান
খুইরবা ৱারী কুরোন হুরবা চীংমায়না কপলী !
য়মবু মায়থীবা পীরমবা সতী
সতী খোংনাংগী খুইরবা ৱারী

সতী তাইরেনগী অনৌবা যুগ, মং মশিং য়ামথিবা নীংঙোল
মোইরাংখোম থম্বালনুগী বারী, চাকখাউ অহুরা পাউখুম ?
∴ নুপা অমা ছৈরেং ইথরী

৪৪ মরক অসিগী মথেলনী

লৈপুং বারী কোয়না অহিং চংলিবা
লৈপুং ফমফম থীবনী
থম্মোয় শোকপা পাউদমনী :

লৈপুং বারী কয়ানী লৈকায় খুদিংগী নহানী
বারেম থৌরেম মতমনী. সনা যুম্বী ওইররোয়
চন্নুরাগী ইজংপু পুনসি কয়াগী তোকঙারা
দাকফমগী পাউথোংলবী অহিং অমগী মরুমবী
নৌনা খমনু ওইরবী, মৌপরা মনাউ কয়ানী
লাইরিক খরদি মহৈজে, য়েংবা য়াবা শকহেনবী !

৪৫ রানোম শেনদি লৈতবী

রানোম শেন নৌনা থবক ফংবগা বারীনী
লৈকায় খুদিংগী তোকঙারা ?

মীংয়েংগী শুমহংলবা চেদিংদা ইবা দরখাস
শকফমগী চংথোল্লবা পাউখুমগী ইন্টরভিয়ু
ছাথেক্কী লময়োরবা দিগ্রীগী শুমহংপা সারতিফিকেট
ইপোম হৌরবা হকচাংগী রেট রাংলবা রানোম শেন
লোয়শং কয়াগী ফমনায়বী ইজুং হায়বা লুকমায়রা ?
হিংবা চংবগী লানফমনা, চাকখাউ অহুনী মরুমবী !
মীংলু কয়াগী পীতাকম, য়ুমবাল শোয়ররবী অতোনবী !

ইপাম খাম্বী মৈরকনী, লৈমায় অসিগী ৱামৈনী
মতু নিংথৌবু কৌরকনী. মৈগী খোঙ্গুল লীরকউ !

৪৬ পাখং কয়াম্বু দাশানী
পাখংগী দাশা
থবক থীবগী কৈথেলনী
লৌ ই.খোল য়োম্নরে
তলব চাবগী ৱানোম্বা
মংখিবস্মু মহা লেলানী
উজার শারে কৱপসন !

লোয়শং অতুগী পাউখোঞ্লোয়, থোংজিন অতুগী থৌদারোয়
ফাইল অতুগী কেরানী. শগুন তৌবগী লীচংনী
মকোক মতোন অমহানী, গুরানবগী লৈবাকনি
চোর গলী গলী, ছোর গলী গলী

কাংথৌ বাজার
পাউনা কৈথেল
থাঙ্গাল কৈথেল
লাল বাজার
কালা বাজার
কুলী বাজার
হেলোয় কৈথেল ...!

৪৭ পেন্দবগী মৈহুমগী
শগুন থোং
চাকথেক্লবা মোরোকনী !
লাইক্লুনবদি ৱারনী !
মৈতৈ য়ুমথোং ৱারীনী
মৈতৈ খুন্নায়গী পাওদমনী

হিংবগী লালহৌনী শিবগী শেম শারিবা পুনসি
শোৎথহৌরবা মালেমগী ইহৌদা করিনো ইতিহাস
মতমগী ৱাহংনা লাকশিনখিবা খোৱাঁ কোঙ্গোয়
করিবু তৌরুনা মায়থীরবা কলমগী চোয়রোননী
নোং ঙালে. নুমিৎ তারে, অহিং ওইরে
৪৮ হৌগংলে, তুমলে, পোথারে
ইতিহাস চাক অমুক চারে, চাক অমুক লাম্লে
'মীওইবগী শাংলবা ইতিহাস চাক চরা অনীগী ৱারীনি!
নোং ঙাল্লে, নুমিৎ তারে চহি কয়াগী পুনসি
পোক্লা নৈতেংলবা কোক কয়া
হয়েংদি কৌরী ইম্ফাল তুরেলগী তোরবাননা
হন্না য়েংলুই পুনসিগী য়েনখা লৃখা
ঐনবু করি থবক তৌগ্রে নৈবাক্কী ?
অসুম্না লোয়খি মী কয়াগী ইতিহাস
মোংফমদা 'মৈরাদি' নৈহৌদে
লাইবক থীবনি চীংনৈবাক্কী মীচম!
∴ নুপী অমা কপলী
৪৯ কপ্পগী মরম নৈ:
মোংফম মৈরা মী কয়া হিংলী
মী কয়া শিরী
হিংবগী তোঙানবা ৱারী নৈ
শিবগী তোঙানবা ৱারী নৈ
চংলী, চারী, শুরী
নোকলী, কপলী, তুমলী!

হিংবা অমম্তুং শিবগী করেমনরিবা রাহংগী খুদমনী
পুনসিগী চরায়রবা নোংশাগী কাথোকলীবা ঃখয়াং
মী অমম্তুং পুনসি, নুং অনীগা মরক্তা য়েক্লমনী!
হিংবগী করবারনা লোয়বা, শিবগী করবার হৌবনী
শেন ত্তংবনা নু ত্রাইবা, শেন মাংবনা লায়রবনী

৫০ ∴ নুনী অমা কপলী

নোকপা কপ্পা কপ্পগী মরম লৈ ঃ
মৈইত্ত য়ুমথোং মরকনা
মৈডাল দলানগী মীনোকনী

য়ুমথোং পরেংগী মরক্তা মীকপ মীরাউ তারকলী
নোকপা কপ্পা মচিন মনাও, হিংবা শিবগী লীলানী
ফুরা দলানগী হরাউ তয়াম্বা মথেলগী মরক্তা
য়ুমথংনবী উনাগী ত্তান্নবোন মানবা খাংপোকশং
লুখ্রাবী অমগা মীকপনী, মচাম্তু পীশক পীশকনী
শোংম্তু চুরী জম জম ...! মৈত্রবাকী অহিংনী!
মপুরোয়বা শিবগী অহিংনী, মোংফমগী মায়কৈ পাংলীবা!

৫১ ∴ নুপা অমা হৈরেং ইথরী

মুংপগী চংনবী হিংবা শিবগী রারীনি
চংনবী শম্বলগী চৈনানি
থম্মোয় শোক্না শৈদমলী—

মৈ থাবদগী হৌরবা শিবগী হিসাবনা অকিবা চাদিংনী
লৌ ইংখোল য়োম্মোকনৈ, লাইরবগীদি মুংফমনী

পোংয়েং শেনস্থু য়ামগনদে, শেন মাংবনা মহেক্লী
মীনোক কয়ানী চংনবী শম্বলগী অকোয়বা ভাবোক
মোংফমদা উংসব কংপগী কুম্মেনা, দান তৌবগী পাথাবনী
মৈতৈ খুন্নায়গী তমথীরবা মীনোক, নংথরকপগী চংনবা পন্দূপনি !

চরা নাম্মা চাহ্না হিংলম্মা মী
চদংনখিবা থবায় কয়াগী মোংফমদা
মীয়াম কয়াগী মথেল উংসবনী
৫২ লাইরবা কয়াগী ফংলীবা দশা

ফিরোইগী দশা করিগী ওইরকলোয় রাফিউজি .........?
ফিরোইগী উংসবনী নম্থরিবা চৈনানী
বৃন্দবনগী দশানী, শরু পুবগী চংনবা !

∴ নুপী অমা কপলা

কপ্লগী মরম লৈ :

থৌদোক রাথোক কয়াগী শাংলবা অহিংনী
ঐগী ছৈরেং পরেংনা কোয়না য়েংনা পাউদমলী
খুন্নায় য়ুমথোংগী রারীনি, মীহাং মীপুনস্থু মহানি !
৫৩ ইপাম খাম্বা মৈরকনী .... !

মুংখিবা চৈরাক ঈগী নোংদি মচুরী
শেরাননবা থৌনাগী লীংজেলনী

ঙবোংখাউ নমবগী কিনরমবা অহুইংগী চৈরাক
থৌরী কোংঙ্গোয়গী শান্তি লৈরমবা ইতিহাস
লোই থাবগী রায়েল পাপাপ মুংশ্রবা খুন্নায়
ঙা হাংপনা চাউরবা ঙসিগী মীহাং মীপুনগী চৈরাকনী

ঈগী কুইমদি হেল্লকলী, মৈতৈবু মৈতৈগী য়েক্লুবরা ..?

৫৪ মহিক মপাদ মশিদে

ঈগী কুম্মে মৈত্রবাক্কী অমমবা অহিংনী
লোংস্থু চুরী জম জম !
এগী হৈরেং পাউদমনী
∴ নুপা অমা কপলা
কঙ্গগী মরম লৈ :
মীহাংলে ! মী হাংলে ! মী শিরে !

মতু শোনবা সাধু অমা, লাগৈরিক য়েনা হৈবনী
লমচং য়েনা অতাবা, শানৌ নহা সনা য়ুমবী
নহা থোদাং পুবনী, সোসিয়েল রাকর অথোইবা

৫৫ লৈকংলাগী খুন্নায় মরক্তা

হাংখিবা য়ুমবী গোমথীন ঙানবা মরুদ্যান কয়া
লৈকায় কয়াগী খিদমফম
লৈহনলাংবা শানৌ নহা কয়া
কোংয়ানবগী অরোনবা শায়োগুম

অহিং তাংলৌ অথেংননী, সনা কৈগেলগী য়াংবীথক্তা
ঈগী হকচাং কয়ানা য়াতাখিবা, মৈতৈ খুন্নায়না লেংদবা সাখিনী !

৫৬ নোংনা চামগোকখিবা ঈখেং মপৈ

রিপোর্ট খুদম ফংদবা পুলিসকী রিপোর্ট
কনাবু চৈরাক পীগনী .. ....... ?

অঙ্গুৈঙগী কবুই শলাং মাইবগী হৌগ্রবা মতমনী

হিংবা য়ারমবা অশোকপা, অমুদোন নোংয়াই ওইখিদে
দাক্তর য়োৎবদা লানখিবা কয়া, হিদাক ফংদে হায়বগী তায়নফম
খুৎলাই  ব্রাংলী হায়বগী পাউথোংনী, হিদাক ফংদে হায়ৈহদে !
দাক্তর নস কী মীলোক মীয়েং মংকন', মাংজহৌরে লংজা পুনসি
রীপোর্ট থাখি সুইসাইদনী ·· ?

৫৭ ∴ লুপী অমা কপলী
সুইসাদ কপ্পগী মরম লৈ :
মীহাৎ মীপুনগী ক লৈপুং
ঈ মশেলগী চায়না পুং
মীতোপ্না লীংজেল মাম্নরী
চৈরাক পীদবা লৈবাক্পী রায়েল
মুথরকপগী ময়েক লারবা পন্দূপনি

ছাত্তিন যিগী নোংখংনী, অমুবা যিজোনগী মরৈ পরেং
অঙৌবা রীবোননা পুনখিবা থম্মোয় কয়াগী মীনম্বা
নোংমা জেলদা মীহাৎপা, নোংঙানবগী রায়েলশঙ
লাগী চৈতুপকী রিপোর্টনী, হৈজ্রাং শুবগী রিপোর্টনী
সাখি লৈতবা থৌদোকনী, শেমদোকখিবা কদর পরেং
রায়েল মপুগী ফাঁসি চৈরাক, অতুগী মচানী অতুগী মশুনী
চুমশিননখিবা কোকশিংগী ফল

৫৮ ফাঁসি তৌ-রো-য়-দো-রে .... !
রায়েল চৈরাক মীয়াং তা-রো-য়-দো-রে ... !
জামীন য়া-বী-র-ক-লে !
মথনতা শিবনী, পাউচেনা সাখিরা ?

আহ ! অরাবনী ! মৈতৈ খুন্নায়গী মীচং কৈখেল ... !
অথেল পোং চবুল চবুল রোগী চাকথাউ মন্নুনী
লূপানা চুম নমখিবা অঙম্বা কয়াগী চাকথাউনা
মীনম সোরিবা রায়েলনা, মীনম্বা চিনবাল কয়ানী
যিম্নুগী শিনফমনী, সাখিবুনা মাহাংপগী চৈরাকনী
গুরানবনা সাখি ওই, মীহাংপনা ধর্ম্মা রাজগী মীথোলনী
রায়েল মপুগী রারোয়নী, মীহাং মীপুন্নদি হেন্নকলা !
∴ নুপা অমা হৈরেং ইথরী

৫৯ থাজবা থমলী অনৌবা মীরোন

অনৌবা আশা

মান্নবা খুন্নায়গী অরোয়বা মঙ
ঙিংগংলো হৌগংলো মৈরোবী
খোংলৈ থাল্লে মতম হেল্লে—
মুন্না য়ৌনা য়েংলকউ
মৈতৈ খুন্নায়গী মৈরকনী
মৈগী মৈরম থীরকউ
নৌনা শেমলকউ খুন্নায়সে
নীংশিংঙু অহুংগী পাখোংনী
“তোং তোং তোংক্রুমবী চক্রিক নাক্রিক চরায়বী
থাদোই কৌবীনা তেমু তেমু সনা মতোন চিচৌ !
মতম অহুংগী চুমলবা লাইফাউনী
৬০ তেমু য়েংঙু লৈহাউ অসি

সনা মতোন

সনা মতোন চি চৌ ... !

চক্রিক নাক্রিক মৈরকনী
মৈগী খোঙ্গুল লীরকউ !
থাজরী অনৌবা মীরোন অমা
৬১ ওইহৌবা য়ারী খুন্নায়গী মীংশেল
মীরোন মমৈ শেমনী বনী মান্নবা পুনসিগী খুনায়
মৈকোক তংলবা মীরোনগী পরেং
শেনতক্লা লোয়গে থল্লুবা হৈরেং
কোমেট মমৈ মান্নবা পরেংনী

উবনা হেল্লবনী তাবনা ব্রাংলবা পেন্দবগী মৈরকনী
ইবনা ব্রাংলবা হিংলীবা খুন্নায়গী লোয়নাইদবা ব্রাঁনি
মৃংলগনী হায়নরী লোয়দে হিংলী চংথরি—

মৃংলমদায়গী চাকলীবা মৈরকনী
৬২ মাংথরকপগী শুরবা চফুগা পন্দূপনী
চংখিবা মীয়ান চৌ চৌ চোংলীবা খরায় কয়ানী
তাঙ্গোয় তানা থমবীরমবা খুন্নায়
চংখিবা মীরোননা পুখিবদি নত্তে
লৈহৌরি হিংহৌরি চহি মরোল
চৈথারোল কুমবানা থরো থরো ওন্থরী
পুনসিগী অনাবদি হেল্লকলী
মৈত্তে কুমশিংগী কুম্মেনা পরেংনা
লৈতৌরবা লৈমায়গী মীরোন
কয়াবু কুইনা হিংখীনি ... !

কুরোন হুরবা মৈথুমগী তাঙ্গোয় মরক্তু
মৈতৈ কুমশিংগী লেপত্রবা হরাউ কুম্মেগী ইচাউদা
চাদিং হৈবা মৈতৈনা করিবু খন্দুনা লোকলীবা?
মোংফমগী খাঙেনফম য়োৌরবা ঙসিগী মৈতৈ খুন্নায়
পৃথিবীগী লমজেলদা ফাষ্ট তারবা কুম্মেগী লৈবাকনী!
অহৈংগী রোম সহরনা লৈখা তাখিবগী রারী
অহৈংগী চিনাগী কানি চাবদা মুংলুরবা জাতি
মৈগী খোঙ্গুল লীবদা তপথরবা ইরাংগী লৈবাক
থুবা য়ারী রোম অমসুং চিনাগী চাকথুং!
য়ানা উংলিবা পৃথিবীগী অকিবা ফংলবা লরাইদা
থাইনগী মরীখাঙদা শাদোলীবা চৎনবী পাথাব
মওং হোংদোকপা ফবগী মত্তম লাকলবনি।
হিংবমক্তা য়ক লাউরবা খুন্নায়দা মী হরাউবগী ঈশৈরা?

৬৩

কুম্মেগী ইচাউ

∴ নুপা অমা ছৈরেং ইথরী
য়েংথোকলূবা মায়কৈগী পাউদমনী
মৈতৈ কুমগী মৈরানবী
মৈতৈ চক্ফু অহাংবনি
কয়া কুইনা হিংখিনি .... ?

## মৈতৈ চক্ফু অহাংবনি!

∴ নুপী অমা কপলী
কপ্পগী মরম লৈ:

৬৪

ময়াই চমলে

আশা লোয়রবা লমদমনী

ফিভম শোকলবা য়ুমথোংনী
ময়াই চমলে কংলৈপাক
ঙসি করিবু লৈরিবা ... ?

অহাংবা চফুনী উরিবা খুন্নায়গী 'মায়ৈক খুদিং
মীপাল শাংবা নত্তনা পাঙ্গে উদ্রবা ঙসিগী মীরোন
কাবা ভমলরোয় চাউখংপগী অরাংবা কৈরাক !
কোন্নুং অমনবগী লেমহৌবা ইতিহাসকী তাঙ্গোয়
লংলা তংলবা মৈত্রবাক্কী থৌনা লীংজেন
লনায় তোখায়নীংগী হৌরিবা নোংলৈ নুংশিং
শোন্থরকপগী ময়েক লারবা বোম অমস্নুং পোকলাউবী মরক্তা
অহোবা উতোংনী ঐখোয়গী মল্লবা কংলৈপাক
অহাংবা চফুনী ঐখোয়গী নৈত্রবাক—
নখোয়গী মনিপুর
নখোয়গী মেখলা
৬৫ নখোয়গী চীং-তম
জগোয় লৈ মহাভারতকী নামৈনী
মখোল হৌবতা মণ্ডায়রে।

কুরোন হুরে চীংয়া তময়া, মরু কোকলে উমং রামং
লাম্মৈ চাকথ্রবা ইতিহাস, করি পোৎথোক লৈজরি ?
মৈতৈ পুংগী মখোলনি
৬৬ মৈতৈ জগোয়না সাখিরা .. ?
লশিং মীল ∴ নুপী অমা কপলী
কপ্পগী মরম লৈ :

লোইবী চীংমায়দা হৌরম্বা লশিংগী পাম
খাম্বী মৈনা রায়খিবা লৈথুমগী ভাঙ্গোয়
নুং তাউরে, লশিং লুপখ্রে, অতুইঙ্গা লাইফাওনী
লশিং মীসগী মঙ, লশিং থাবদি হৌদরি
লংখায় অমগী পোংথোক্লা ঙবোং শানা মহায়রী
হাউরৈবীগী ইংখোলদা লশিং পোলাং ফৌরম্বা
ভুইনা য়েননা শোকখিবা, মতম অমগী রারীনি !
অতৈ মপেল কয়ানা, লৈহাউ চম্বগী লৈমায়নি
কেরোসিনগী তুরেল চেনদে, কোয়লাগী খোনীস্থ লৈতে !
মুমিংকী মৈশা লৌরগা চাক থোংবগী মঙ
উ য়াম্ব্রগা উ থাবগী থেংথরবা লৈচাক পাথাব
লমফেল কোয়লাগী যনথী খোনীগী পাম্বৈরা ?
কোল কারখানা লীংবগী লৈকাং চরবা মঙ
রাজনীতিগী ফিরালনা করেমনরিবা কুমশিং কয়াগী বজেট
করি কোল কারখানা লীংবগী পাম্বৈ লৈ ?
থবক ফংদবা নহারোনগী অরোয়বা খোংচং
মৈ রায়রবা য়ুমথোংগী পম্ফেংলবা হিংবগী রারী
কেরানী ওইবা ফংহৌদবা লাইরবা শঙ্কুগী চৈনা
হেন্দোক্লা মরম চারবা মতমগী নোংলৈ নুংশিংনী !
করিহ্নু লৈতে ঐখোয়গী লৈবাক, অরেম্বা রানী পেপরীল
চহি খুদিংগী জগংনাথনা চাখিবা কাংগী উসোয় উতি

রাপল কয়া তুমখ্রবা লমদম
শিং ফদবগী মতম লাকলে
পেপর মীলবু লৌংনী হায়রী
ককচিং সোইবুমগী রাপল
লম্মাংদোং সোইদোনগী খোনী
জিরিগী রাচেং ফক করবার
হিংবগা পাম্বেনী মী কয়া
ঙায়বদি ঙায়রা পেপর মীল!
মঙ মংলী থবক ফংদবা নহা!

## ৬৭
## উসোয় মীল

চিনী শুংবগী পাইখংলিবা চিনী চুহি ফেক্করী
আসামগী গুর মতুম্না লান্দারকপা বোরো বোরা
য়ু শুংবগী দিমান্দনা নুমিৎ খুদিংগী বোরা বোরা
কিলো অমগী পোংথোক লৈবা ঐখোয়গী মীল
চরম মেংখি জবং .......!

## ৬৮
## চুহি ফেক্করী

চুহি য়োনবী মৈতৈ চনু
চুবা য়োনবী কৈথেল ইমা
চুহি ফেক্করীনা করেমনৈ!
আশা থাদোকউ মৈতৈ পাখং।
পাম্বে অমদি থীবা ফৈ!

থোক হৈবা লৈঙাকপগী উৎ চাইরমবা মীখলগী মীক্রং
লৈবাক্কী চাওখৎ লম্বীগী শোংথহৌরবা লমজেল
হাংদুনা লৈরবা কুমশিং কয়াগী চফু
ইপামদা হৌবা খাম্বী মৈশাগী মৈরকনী
মৈনম কৈথেলগী পুনসিনি
মৈতৈ য়ুমথোংগী চৈনানী

মৈতৈ কুমগী মৈরানবী।
লৈকংলাগী অচাকপা মৈরীক্তা
৬৯ কাবা অসুম হেল্লকলী!
মৈথাঙ নায়রী মুংপা অসুম হেল্লকলী।
মমীং মুংলে মৈতৈ ঙৌ
মীরম ফোনা খুন্দারী!
∴ নুপা অমা ছৈরেং ইথরী
চক্ফু মনুংগী শৈদমনী:—

অহাংবা চক্ফু মনুংদা খোংলমবা মতমগী নোং
অহাংবা অতিয়াদা মংলমবা ঈগী নোং

চুগনী নীংলম্মী জম জম
৭০ উবা ফংদ্রে নীংথিবা শকক্ষম
চক্ফুগী নোং তায়য়োন্নরে মতমগী ঈহৌ
হেন্না হেন্না ময়াই চমলে
হেন্না হেন্না মমৈ তংলে
মীকোক মীয়াই মীতোন
মৈকোক মৈয়াই মৈতোন
লাপ্পরে কাউনরে কুমশিং কয়া!

মী নোংশাগী মচা মশুনী হায়জরমবা ইতিহাস
মহাভারতগী মরী মতানী পোংজরুবা পুয়া
মনীং মমাং হোরবা কংলাগী স্বরুং,
থাবাতোননা লৌনম তোবীখিবা কৈবু কৈওইবগী উতোং
লীশাংশিংনা চাকলীবা ইপাম খুন্নায়গী মৈরক্তা

মৈথুম নত্তনা করিবু লৈরিবা?
হি-য়াই চমলবা চফুনী
৭১ ইতিহাস লৈরমদ্রে
বেস ওনবা — পুয়া লৈরমদে
মথেক মুংলে
লোল শাওরমদ্রে
নাং খুন্নাইগী মৈথোরোল
পুংজৈ পুনশানলগী মশা মেলানী!
বেস ওনক্লবা য়েক ফরেং
মমৈ ভংলে কংলৈ চন্নু!

অসুমা নীংশিংডি অহৈউগী পান্দুপ অমা
নীংথৌরোলগী ইতিহাসনা মাংহনশিনবা লৈবাকনি
ছায়দাংবগী অমম অশা চুরবা পৌরানা শুনখি—
ফাঁসি সগায়, মেরা পৌরী, খুবী পৌরী
চেং খুলী, নোংমৈ খুলী
৭২ নোংশানী কৈনি, শওমনী
নোংশাগী থোক — ইমুং মনুং মচিল মনাউ
পারী পুরী মপা মচা

"কে কেক্রু থাই কেক্রু মোইরাং কেক্রু"
কাংজৈবুংদা মেজিক তৌরম্বা মেজিকসিয়ান করা
মেজিক শোয়রে
মীনায় ওইরে

৭৩

মীখা থারে মীখা পোল্লে

মীনায় নায়থাং চক্লু কায়রে, কাক হরাউরে।

লমবোইনীংদবা মীবু নমত্থুনা লমবোইবীরে

মমৈ থদংপীরে, মরু কোকথোকপীরে

য়াইঙং মচুগী লৈখোম তৈশিনবীরে

ঙ্গৈ মহি লাংলবস্থু মচুদি লৈরিমাল্লে!

নীংতম্বগী মায়য়োক্তা হোৌরিবা নোংলৈ ন্নুংশিং

ইশুমাংগী মোংলবা কুমজ্জা কয়াগী পৈরিবা হাপ্পু

হান্না নৌন্না ৱাই শিংপা, মথৌ তারি অনৌবা মীরোন

হিংবগী পাম্বৈ লৈতবা অহাংবা চক্ মন্নুংগী মৈরক্তা

করিনো নীংতম্বা? করিনো ঙ্গৈগী নোং ......?

মৈরক্তা পায়বী মৈরানবী

৭৪

ঙ্গখৌ লাংবী নোংগৌবী

করি পাম্বৈ?

ইরাংদা লুপ্পী ইরাংবাই

ত্তাঙ্গোয় তাবদি কুইররোয়

মহিক পকলবা মীরোননী

মৈতৈ চফু অহাংবনি

কয়া কুইনা হিংখিনী ..?

## মৈতৈ কুমগী মৈরানবী !

∴ ন্নুপী অমা কপলী

কপ্পগী মরম লৈ :

৭৫ মৈতৈ কুম্‌গী মৈরানবী

কুম্মৈ মৈরক হরাউ মথোয় খেনমনী

কুম্মৈ পরেংগী মৈরানবী

মৈতৈ কুম্মৈ মরকনী, অনি অনৌ কুমশিংনী
চৈরাউবদগী হৌবনী লমতা মমৈ খোঙ্গীনি
চহি কয়া হৌপ্রবা মীরোন কয়াগী রারী
অহোংবা উদ্রবা লৈমায়নী, কুম্মৈ পরেংদি মহোংডি
মীরোন অমা লোয়দরী, মীরোন অমা পোকলরে
অরিবা কুমশিংগী মৈত্রবাক, অনৌবা কুমশিংগী মনিপুর
মৈতৈ মরুপকী কংলৈপুং, পাপংবগী কংলৈপাক
লেংগোন্নরী, কপমীন্নরী চহি কয়া

৭৬ বীদায় পীনরী, বীদায় লোনরী

অরি অনৌ চংলকো ইতা অরিবী

লৈহৌরো ইতা অনৌবী

কুমশিং অনিনা কপমীন্নে, মীরোন অনিনা চৈনরি
পামহৈবদি লাকলরোয়, শন্তীদাসম্ লাকলরোয় !
মতমগী অহোংবা কুমশিংগী অনৌবা মীরোন
মফমগী অনৌবা শকফমগী অনৌবা লৈমায়
চাকনী ফিজিবগী মীকপ মীরাউখোল, পীগী ঈচেল
অকুং অতোং লৈরবা পুনসি খুন্নায়গী থানা
থাক মান্নবদি লৈতে, লাইর অনংগী তেমথরকপা চাকথুং,
নুংঙায়বগী ঈহৌ হৌরসনু অনৌবা কুমশিংগী মীরোন
চৈথাবগী কলম্না চিংলসনু চৈথারোন কুম্মাবা !

চহি খুদিং কুমশিং কয়াগী চৈরাউখিবা মৈত্রবা
চৈথারোন কুমাবী লামায়দা শাগোম্নখিবা মীরোন
উরু উরু লৈশিনখিবা সাইক্লোনগী নোংলৈ খোংচৎ
উরু উরু লৈথোরকপা এস্তি সাইক্লোনগী নোংলৈ খোংচৎ
থরো থরো ওনথরী, মীরোন অমগী মথং মীরোন কয়া
থরো থরো হংকলী, চৈরাউবা কুমশিং কয়াগী কল
অংাংবা উদবা লৈমায়নী, মৈ রায়বদি হেল্লকলী!

৭৭ খোংলৈ থীল্লে, মৈতৈ পাথৌ

য়াওল্লো মৈথৌ নহা য়াকায়রো
লাইরেল লাবা য়াওল্লো
কয়া কুইনা তুমখিনা ...?

## মৈথৌ নহা য়াকারো!

∴ নুপা অমা ছৈরেং ইথরী:
লোয়রমদায় পুনসি পরেংনী

৭৮ মায়থীরবা কলমগী ছৈরেংনী

অরোয়বা পাথোং মীংলু পীরাং ইথৌরী!
হকথেংনরিবা খুন্নায়গী চৈনা
শকফম শোকলবা মায়থোংনী থম্মোয় শোক্লা শৈদমলী
তুংগী মীরোন আশানী, মৈথৌ নহা য়াকায়রো
নমীৎ পাংলো ইশানৌ, মৈথীনজৈনা থীনবনী
কুম্মৈ ফিহোং ভোকলসি, হিংবা ভমসি মীপাল তাংদনা
হোৎনরম্বা কয়ানী, মায়থীবগী অরোয়বা খোঙ্গুলী

মীরোন মৈথা চুরমগে, হৈনা খোঙ্গুল লীরকউ
কুমশিং কয়াগী ওমশিল্লবা পেন্দবগী বাৈমৈ
মায়থীবগী নোংদোন্দা বাংনা কারিবা মৈখু
কৈরেন থাগী লৈচিন নত্তে, কারখানাগী মৈখু নত্তে
মৈচুম মোরোক্কী মৈখুনী, পেন্দবগী বারীনি—
নোংদোন তম্না য়েংলকউ, মৈখু অহুনা কৌবনী ......!

৭৯ ∴ নুপী অমা কপলী

নাউথেম খোনথাং কপ্পগী মরম লৈ :
হিক্লা তেংথা খোম্থাংনী
মৈথৌ নহা য়াকায়রো
খোম্থাং মৈনা হৌদোকলী, নোংদোন তম্না য়েংখৎলী
চীংলেন স্না কৌথরী, থরায় মীবু নাউথেমলী
লাইরেল লাবা য়াওল্লো, মীরোন অসিদা পোল্লরো!

৮০ ∴ নুপা অমা হৈরেং ইথরীঃ—
ইতিহাসকী চেমায় পাউদমনী
লাংওন লংদায়গী ফিজিলনী
মায়কৈ চুম্বা হোৎনরী অমম্বা কুহাগী মৈরোবী
শমজিনবা হোৎনরী চেমায় তৎলবা ঈগী ইতিহাস
কাংখোং চায়রবা থুন্নায় মথৌ ভারী নৌনা লৈতেম্বা!
ইতিহাসকা শাগোন্নরকপা অহুঙৈগী ইপাম খাম্বী
লেমহৌবা মৈখুমগী তাঙ্গোয় তাখিবা খোঙ্গল
মীরোন মৈথাঙ চুরম্বা নৌনা অমুক শৈথারী

নীংথি তুরেলদা তুমনা শিখিবা মৈতৈ লাম্মী
কবো তমপাক্তা তুমনা মাংখিবা পুনসি কয়া
খোংজোম তুরেলদা তুম্না লোয়খিবা মৈতৈ পাংথৌ
মমাং মূংখিবা কয়ানী, শানৌ নহা মৈতৈ পাখং
লৈহাউ অসিদা তিনখিবা থরায় মরু অচংবা
ইতিহাস লৈতবা লৈবাক্তা লৈহাউসিনা সাখিনী !
মৈরানবীগী মীরোনদা মৈথাঙ মৈরা য়াকায়রো !

৮১

থাংলেন রারী

∴ নুপী অমা কপলী
কপ্পগী মরম লৈ :
মহিক পকলবা মীরোননা কাউরে মমা অপোকপী
ফৈজৈ চিংলবা কংলৈপাক, মতম হেল্লে লাইকনবা
মীরোন অফবা কৌথরী, মীরোন মৈথাঙ লৌনবা !
শানা চাউবা রাংব্রেলগী মায়কৈত্তবু য়েংহ্ননা
শেঙ্গোয় নহা কৌথরী, মৈরোন মৈরা ওইনবা !
হিরা নহা লীশিংগী খুশু থাংলেন থৌনানী
লৈঙাক হৈবা কয়াবু নৌনা অমুক কৌথরী
ঈগী ঈচেল অয়াংবা, থরায় মরু অচংবা

৮২

ঈগী ঈচেল

নীংথি তুরেল য়েংলকলী
হনগংনবু কৌরকলী
নৌনা লৈবাক শেঙবা !
∴ নুপা অমা হৈরেং ইথরী
মায়থীবগী নোংলৈনি মীরোন অসিগী রারীনি
শানৌ নহা কৈরেনচা নৌনা অমুক লাকলম্মী
শানৌ নহা লৈনুং লানমী নহাশিংগী ঈহৌনী
লৈহাউ হাপ্পা লাকলম্মী, মৈ কনবা হৌরম্মী
ঙাকলৌ রাংলবা খোংচংনী, তায়োম্নবা পৌনাগী রারিবা …?

লৈক লাগী অচাকপা মৈরক্তা মৈরানবী ওইখিবা পুনসি
হেন্দোক্লা মরম চারবা মতম অমগী অরোয়বা খোংচৎ
মৈথুম তাহৌববা ঙসিগী চম্মনরবা রাতংনী
পাউখুম ফংদ্রবা পান্দমগী ফো চংদ্রবা পাখোং
অরি অনৌ মীবোন্দা খুংথাঙ লাম্না শিন্নরংগে
শাগোর্নরবা খর্ম্বানি, ইচু নি থৌ চাউরকলো
কুৎথরবা লৈমায়না, শা চেপ থারবা পুনাসনী
হি বগী নীংতম্বা থৌবনি, মাল্লবা খুন্নায়গী মংলেননী
মচোয় মচোয় তারবা মীরোন, হি খিনী কয়া কুইনা?
থাজবা আশাদি লৈহৌবী. ইচা খোংদোম মৈরৌবী!

৮২ মৈথৌ নক্তা য়াকায়রো

পাউমেন

মৈগী মৈশা পাউদমনী
মৈনী খোঙ্গুল লীরকউ!

পেন্দবগী কোল্লনা চপথায়রবা পুনসি কয়াগী ৱারা
হিংবগী তোংংরবা তাংকক লৈচাক চৈগী কনথরকপা চৈনা
নোং থুপ্লগী ৱারবা মতম, মফম চারবা পন্দুননী
করিগী পোকথাযবোয় তুমলীবা মৈগী চাং .. ?
করিগী চুরোয় কুমশিং কয়াগী মলীবা ঈগী নোং . ?
∴ মুপী অমা কপলা
কপ্পগী মরম লৈ :
ইপাম খাঙ্গী মৈবকনী!

৮৪

খোঙ্গুল লীরকউ

লৈক লাগী অচাকপা মৈরীনি!
মৈথৌ নক্তা যাকায়রো
মৈগী মৈরম থীহৌবো
মৈগী খোঙ্গুল লীরকউ ... ?

অরোয়বা ৱাহং

"লৈকংলাগী অচাকপা মৈরীনা কোয়শিনবা হৌরকলবা খুন্নায় অসিবু মশক তাক্নবা হোৎনবনি। মৈরক অসিদা হিংলীবা ওসিনী মীয়োন অসিনা মায়কৈ অমরোমদা মৈ কন্নবা হোৎনৱিদি হায়বগু পীদোক্নবা মীয়ামগী পুনসিবু করম্বা মায়কৈদা লমজিংগনি হায়বগী আশাদি য়াহং খুদম মন্নদা অতম্মক লৈরসল্লু। অদুবু মায়কৈ খুদিংমক্তা মবুক হাপলবা খুন্নায় অসিগী মবুক অসি অহানবদা থল্লহনদবা তারবদি লৈকংলাগী অচাকপা মৈরী অসিনা মমৈদা করি ওইরক্কদবা ...?

লৈকংলাগী অচাকপা মৈরী—ঈগী নোংনা অরোয়বা পাম্বেরা?"

∴ নুপী অমা কপলী
কল্পগী মরম লৈ:

* * *

অইবগী ফোঙথ্রবা অতে:

১) থাতিথী অমগী অহিং (নোভেল) ১৯৭৮
২) ইপাম থাম্বী মৈহৌবে (ছৈরেং রারী) ১৯৭৯
৩) সোর'ম্বেনগী মচা নুপী (নোভেল) ১৯৮০